# সমাজসিগী ৱাকৎ
# লীশিং লীশিংনি

অইবা

মুতুবা তোম্বা



এল. দি. এম. আর্টস সেন্টর

ইম্ফাল

**SAMAJSIGEE WAKAT LEESHING LEESHINGNI**
*(A Collection of Manipuri poems*
*by Mutua Tomba)*




| | | |
|---|---|---|
| **অফোঙবা** | ঃ | মুতুম্ সুরজিৎ (অইবগী মচানুপা) অমদি<br>মুতুম্ লৈ[illegible]বেম্বী (অইবগী মচানুপী)<br>কৈশামপাৎ মুতুম্ লৈরক, ইম্ফাল |
| **খুৎনম** | ঃ | অনীশুবা, ইং ২০০৭ (আগষ্ট)<br>অহানবা, ইং ১৯৯৪ দিসেম্বর |
| **কোপী মশীং** | ঃ | ১০০০ (লীশিং অমা) |
| **হক** | ঃ | অইবগী |
| **মখূম** | ঃ | থোঙ্গাম দেবীৎ (সনাথোই)<br>অইবগী মশুনুপা<br>শিংজমৈ ৱাইখোম লৈকাই, ইম্ফাল |
| **মমল** | ঃ | লুপা ৮০/- |

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।।

# ৱাহৈ খরদং

ঐগী ওঝা মুতুৱা তোম্বগী শৈরেং লাইরিক "সমাজসিগী ৱাকৎ লীশিং লীশিংনি" হায়বসি পাজরে। লাইরিকসিগী মনুংদা য়াওরিবা শৈরেংশিং অসি ফজে। অসিগুম্বা মওং খূৎই ইথেং থেংনগনদে হায়বা য়াই। শৈরেংশিং অসি পাবদা দং দং পালহনবা ঙম্বগী মগুণ অদু লৈবগা লোইননা, শৈরেং অমগী মশক অপাবশিংদা করিনো নৈনহন্নীংবগী মওংদুসু লৈ। অইবগী শীজিন্নবা লোন অমদি ৱাহৈ ৱাতানা অপাবশিংবু হুমদুনা পুবগা লোইননা ৱাখল্লোন ৱাংনা লৈখিবনা শৈরেংগী মশক মরক মরক্তা লূবা য়াওরকই।

লাইরিকসিদা য়াওরিবা অপূনবা শৈরেংসি ৯২ নি, শৈরেং অমমমতং শকৎলগা পাবদা হেন্না নুংঙাইবগী মহাউ অমসু পি। শৈরেংগী মপাল নায়দবা, ঈচেলগী মনুংদা লৈফম থোকপা মাগী ফমফমদু কন্দুনা মশক অমা তোঙান্না তাবগুম্বগী মওংসু লাইরিকসিদা উই। শৈরেং অয়াম্বা তেনতক তেনতক তৌই, ৱাহৈ মপূং ফানা শীজিন্নরকপনা তেনতক তেনতক তৌবা শৈরেং ওইজরবসু মগুণদি লৈ। মতমগা চুনবা, সাহিত্যগী অহোংবা ঈচেলদা শৈরেংগী পোথম 'সিমা লৈতে হায়বদু ওঝাগী খূৎইসিনা ঐঙোন্দা অমুক্কা হেন্নসু পরা অমা ওইরি। শৈরেংসি পাবীনবা মী তাংই, নৈনবা চঙই, ৱাখল্লোন পুথোকপা হৈবা তাই, লোনগী মশক খঙবা মীদনা শৈরেং পাবদি মহাউ চুপ্পা ঙম্মী। অদুনা শৈরেং লাইরিকসি মীয়াম্না মমুৎ তানা অমুক্তং পাবীদুনা নৈনবীয়ু, করম্বা মহাউ ফঙবগে হায়বদু য়েংবীয়ু।

ইম্ফাল
তাং ১/৮/২০০৭ ইং

**খোইরোমচা ফমথোইবা লেনফু**
**লংথবাল**

# ৱামাং য়ানবা

ইনাউ মুতুৱা তোম্বগী ১৪ শুবা লাইরিক "সমাজসিগী ৱাকৎ লীশিং লীশিংনি" হায়বসি থৱাই লুপ্না পাজরে। অইবগী কলম্না মচিন তূম্না ইৎলগা য়েক্রকপা, মতম মতমগী মশাদা ফাওরকপা অমদি চৎনরিবা পুন্সিরোলগী মশকপু উৎননবা হোৎনবা মহোৎনগী মতৌ চমদে হায়না লৌবা তাই। শৈরেংশিং অসিদা মনীংতম্না শাফু পীব অমদি পাউখোঙ ওইনা শীজিন্নবা অইবগী করিগুম্বা মশক উৎপসু থেংনৈ। লোন শীজিন্নবদা ৱাহৈ কোইথোক্তবা, শৈরেং অমা ইথোকপদা শাংহন্দবগী হৈনবী মতৌসু হেক হেক উখোকপগী খুৎই অইবসিদা চাউনা উবা ফঙই।

মুতুৱা তোম্বনা ৱারীমচা ইবদা নৎত্রগা ঈশৈ, ড্রামাগী স্ক্রিপ্ত ইবদা তোঙানবা মশকলোনগী মওং অসিনা মহাক কনানো হায়বসি তরাই তরাই তাকপা য়াদ্রি। "সমাজসিগী ৱাকৎ লীশিং লীশিংনি" হায়না থোল্লিবা শৈরেংগী লাইরিকসিদা শেমগৎলিবসি শৈরেং ৯২ নি, লাইরিকসি নৈনবদা খুন্নাইগী, লমদমসিগী মশক মওং অমদি হিংলিবা পুন্সিরোল অমগী ময়েক শেংলবা ৱাফম কয়া উখোকপগুম তৌই। লাইরিকসিগী শৈরেং অমমম নৈন্দুনা পুথোকপা তারবসু মনুং মপাল নায়না লৈবগী খুৎফোঙদোক্তা লাইরিকসি থম্মী। অপাবনা নোংমদি অইবসিগী শৈরেংশিংসু শোয়দনা নৈন্নীংবগী ৱাফম লাকখিনি হায়বসিদি হায়মনবা থোক্লোই। নাকল অমরোমদা মুতুৱা তোম্বা ইনৌ নৌবা সাহিত্যকার অমদি নৎত্রে, সাহিত্যগী পুক্নৈদা দান কয়া তৌখ্রবা অইবা অমনি। অমুকসু, জর্নেল্লীজমদা খোঙ থাংজিন্দুনা সমাজসিগী খুৎলি খঙনা লাক্লবা জর্নেল্লীস অমসুনি, নাকল অমরোমদনা লমদমসিগী কলচরদা লূপশিন্দুনা মচাক কয়া থিরিবা অইবা অমনি। মতম কুইনা লমদমসিগী সাহিত্যদা অমদি মীয়ামগী সেবা কয়া তৌদুনা হিংবা ওইখিসনু।

ইম্ফাল

তাং ১/৮/২০০৭ ইং

**পদ্মশ্রী, ডাক্তর এম. কীর্ত্তি সিংহ**

এম. এ., এল. এল. বি, পি. ঐইচ. ডি. ডি. লিট

# ৱাহৌদোক

লূরিবদি শৈরেংগী মশকসি মসিমা হায়বা ঙমদে, মাগী লৈফম থোকপসু মসিনা লোইরনি লেপ্পা ঙমলোই। সমাজ অমা লৈরিঙৈদি মশা লোংদুনা থোরকখিবসু য়ারি। মতমগী য়াওলদা হুমদুনা পূবা হায়বসি মীওইবগী লীচৎনি, লোনচৎনি, মসি ওইরক্লীঙৈদি মাইওল অমা সাহিত্যসু হোংলকপা তাই। থেংনরিবা পুন্সিরোলগী থৌদোক, ৱাথোক, লাম্থোক কয়াদু উনা উনা মীওইবনা নাথৈহনবা ঙমদে, থেংন্দুনা চৎলি। অইবদদি মতম পুন্নমক্তা নীংশিংহল্লী, পেলহনদে, খোইশাওনহল্লী, মথন্তা নুংনাংবা পোক্তুনা পাউদম্নীংলকই, য়েকশিন্দুনা থম্নীংলকই। ইরুরবদি মতম মতমগী মশক মওং নায়না মীওইবগীদমক, সমাজসিগীদমক খুৎইশিং মখল কয়া পুথোরকই। অপাম পামদা মীওইবসু কাংলুপ নায়না চৎলি, অদুনা শীন্নজরিবসি মীকুপ খরদং কাইথোকপীদুনা পাবীরবদি অইবনা পুথোকচরুবগী মহে ফঙলে লৌজগে।

অনীশুবা খূৎনম ওইনা পুথোকচরিবা লাইরিক অসি অহানবগী খূৎনমদা লৈখিবা শৈরেং অদুদগীসু খরদি শেমদোকচরে, মসিগীদমক পাবীরিবশিংনা শাকপীগনি। অরোইবদা প্রেসকী মরূপ মপাংশিংনা লাইরিকসি পুথোক্লবা হোৎনবদা তৌবীখিবা মতেং কয়াবু অইবনা থাগৎপা ফোঙদোকচবগা লোইননা শীংঙম্লরোইদবা লমন অমা তোনশিঞ্জরে হায়না লৌজরি।

অইবা

# হীরম লমাই

পূনবসু ঙল্লরোইদবা
কোকথোং লূম্লবসু কনানা পুনীংগদগে,
অদুবু
অৱাবদা মশরূক ওইরবা মখোয় মখূত্তা
সরক্কী নাক য়েত্তা ফিজি খুমদুনা চরা নুংলেন্নরিবা
মখোয় খূত্তা শীন্নরবা
"সমাজসিগী ৱাকৎ লীশিং লীশিংনি"

# পেঞ্জদে

তৌবা ঙম্মী উত্তুনা
থম্মোয়না য়ানীং য়ানীংদনা হাৎখিবনি
জীব মচাদুবু,
উপাই লৈখিদ্রবা ঐগী মাঙদা!
উহৈদ্রবা লমচৎশিংদু উর উরগা
শিহুয়কপা পি মরিকসিনা
শীংনরবনি মখোয়গা ঙসিদি
লাউরি শীংনরবনি,
খোন থোকপা ঙমখিদ্রবসু
শাশিংদুগা ঐ শীংননি হন্দক্তি?

## ফাদবা ঙমহৌদ্রবা

লেংবা হেনমনবনা থৱাই কৌবদু
ইহেন হেন্দোক্তনবা
মফম খুদিংদা লৈবা ঙমদনবা,
মকুপ শানা
নৈখাইরে নৈখাইরে লাউরকউ !
মানা অশুক শাউনীংনা
মকলথি ফুদোরকইসে য়েংউ,
খরসু তৌজরসনু
মী হায়বসে ওহ্মোক্সা নুংশিখিদ্রে
হেনমনখ্রে খাঙবা ৱারে অঙম্বসু উৎলসনু।

# থৱাইসি হিংহন্নীংই

পঙবা মীনি
থৱাই মঙা পূনবা জীবদু
চৎনা, ফম্না, হিপ্না, মিগা থাগা তরেৎমক লোইনরিদু
নোম নোম শগাই তোংদুনা মঙদ্রংলিঙৈ মী-ওই।
পাঙ্গল চাংয়েংদনা শা ওইরকই
মীবু পুথোকপা লাইদুনা
ইখঙ খঙহন্দনা,
হেক হেক থক্তুনা পুরিসে
খঙবদি ঙমদে,
মাগী শিঙ্থা ইনবীদবদুদা
শাউদুনা তৌরক্লীব্রা করিনো?

## হায়দোক্কনু

ওইদবদা ঙাঙগে ইচীনসিনা
তৌবা তৌদবা
অখঙবা নখোয়না ঐবুদা থাজৌ,
বায়েল ইমান মান্না
খুৎকা চীনগা ওন্না তৈনহনগে
ঐখোয় মশেল মান্নরগসু লোইরে
মখা তারক্কনু!

## অশীবগী মঙ

খল্লি থৱাই মানা
করি ওইনা পোকসিগে,
হকচাং পোলাংসিদি তূমিন্না লৈ
থৱাইগা হকচাংসিগা হায়নৈ
মী নৎত্রগা শা ওইরসি
মখোয়'নী চিংন্দুনা ইন্নরকই।
হৌজিক্তি ঐ শা ওইবা তারে
ইতনদি তল্লি,
অশীবনা অহিংবগী মঙদুদা
অমুক হন্না মঙবা কি।

## ঐদি লৈগনি

পৃথিবীনা কায়থ্রবসু
লুপখ্রবসু লৈনুংসিদা,
থাদা পৃথিবীসে চঙশিনখ্রবসু
ঐদি লৈগনি অমদসু অমদসু মী ওইনা।
মপোক অমা হল্লক্রবসু
ইহোং হোংলোই ঐদি
থবাই মচাসে
করিগুম্বা খরা তৌন্নবা!

# অহানবা তান্নে

লিন্নসু মীনসু হেক উবদা
হাৎন্নবা হোৎনৈ অহানবা অমনা,
অঙম্বদুনা অকনবা শকই!
অনীমক্কী রাখলদি
ঐ হিংহৌরগদা লোইরে
ওইরমান্নে মসি লোনচৎ!

# খেন্নবা

মীহৌরোলদা ঐখোয়গা মান্নবা
মমৈথংদা খেন্নরকপা হায়ববু
মমৈ পানবগা পান্দবগা
য়ুমলৈ কৈরৈ ওন্নরকপা সিগা,
বাখলদা, থম্মোয়দা, লমচত্তা মান্নরক্তবসিনি
ইপূন পুল্লক্ত্রিবা।
মীনা পুকচেলদা, শাজত্তা, মীদ মী
জীবশিংনা ইতোপ তোপ্পা মওং অমা
ইওন ওল্লক,
চাংদম্নরগা ইখেন খেন্নবা।

# য়ানীংলম্মোই

মী নঙনা
শোল্লবা জীবসিবু শীংশেপ্পীরবদা,
করি য়ানীংদৌরি!
নঙনা ঐনা ইশাখক্তগী খল্লবদা
মাদি মখাসু তারক্লরোই।
অদুবু, শীংলিবা মখূৎসি নঙ ঐনা খঙবা ঙস্রা?

# মী হেক মানদে

থেংনরুরে পুন্সিদা
লৌনম তৌবা শীদসন্না হৈবা
মতৌদি ইমান মান্দবা মখৈ,
ঙাঙবদা, শকপদা, মতৌদি ইথা থাজদবা
মরৌ চাউবা মতাঙ্গো।
ড্রামা তৌই, জগোই শাই, থাঙসু হাই
মসিবু মীগী লীচৎলো?
মাদি মী নত্তে
ঐখোয়দা ওনশিন্দুনা চারকপা
কৈ হনুবনি।

# কনাগুম্বনা হায়রক্লবদি

নোংমৈনি ঐনা পায়রিসে
মী হাৎননবা,
ইখৌ পোংনা
নাপল তৌ তৌদুনা
ঙসিদি শক্তি লৈরবগী !
অঙম্বা মাল্লকপদি মসিগী মপান্ননি
প্রজানা ঙমদ্রিবদি লাঙ্গোই চনশিনবীরিবা আইন্দুদনি
ঙক্রসে,
অমুকসু তৌ শারিসে ?

# মখোয় মথৌনি

মথি ফোঙলকই লোন্না
হায়রুবুদি য়াদে,
খঙই ঐসু
মীহাৎপদি অঙম্বা মখোয়দা তাইনদ্রদি !
ঐখোয়দি তুমিন তুমিন পাউথাংখিসি
লৈবাকী ৱাথোক খঙই নৎত্রো,
খঙদ্রবসু খঙবদি শাও
লোন্না 'সিমগা হায়গে,
নুপী অঙাংদনে মখোয়সে মখুৎ শাংবনি
নকশিন্নহল্লুনু,
তোইনা তারকইদুনি !

# য়েংলুবদা

ননীংতম্বগী হাইহনবনি হায়রিবা ফিরালসে
মসিখক্তনি ঐনা উরগা হরাউবা ঙমদ্রিবা,
ফিরালসি উরগা শিহুজবা পীরাংনি।
মীপুম খুদিংমক্না নুংঙাইবগী হরাউবগী খোঞ্জেলতমক তারগা
ঐনদি জাতিসিগী খুন্নাইনা
মীখা অমুক পোনবগী মশকপু উরকই,
বৃটিসনা নীংতম্বা পিরম্লবা ইরৈবাক
হরাউবগী চিংখৎলুরবা মচু তরেৎকী ফিরাল
মনীংতম্না হাইদ্রিঙৈ
মচু অহুমতগী ফিরাল চিংখৎখ্রিবা
আগষ্ট ১৫
ঐ নীংশিংলি।
মখোয়গীনা মীকপ থোকপা নুমিৎ
ঐখোয়গীনা অমুকসু নুমিৎ তাব,
ঐ নীংশিংলি।

## মমৈ থংবা

মথং মথং লেংলকই
মকোক মমৈ শেমদুনা,
হূরালবনা মমাঙ ইথং থংই
নুপীচিংবা নুপাদুনা ঙমথংদা লৈহল্লি
ইরোই লোইবদুদা
নুপীদা কষ্থি থোকপা নুপাদুনা লেপ্পী।
ৱাখল মান্নদবা মখোয় খুদিংমকপু
মশীং থিদুনা মমৈ থংনবা শীনদোকনৈ য়েংউ!

# করিনো'সিবু

নুপী লোনবদা
মমিং চৎপা নুপাদুনা
হূই, ষণ মশাবু ওন্থোক্তুনা
মাদি মী নৎত্রে কোইলাউ লাউই।
মাগী নুপী'মদি
লৌবীনবা নুপা থি,
হূরাল চিঙ্খী কনবা মী'মনা
লৈবাক নিংথৌ ওইরে হায়রকপদা
তূমিন লৈখি।
ৱাঙাঙদবা মীওই লীশিং লীশিংসু
মখূৎ তুংবুন্নরকই,
য়েংহৈদ্রে করিনো'সিবু?

## হায়নবা লৈ

শেলনা হেক হেক মচীন মেল্লী
মখূৎ হেক থাংগৎপদসু
মশীং হেনগৎলকই,
মীওং য়েংল য়েংলগা পীব শক্তি
লৈঙাকপসু মানবা,
করিনোসু খঙদা
ওহ্লোক ওহ্লোকপা!

## শেল খুৎথি

ৱানোম্বগী লৌহৌবা শেল
মশীং থিরকই,
অপেনবা লৈতনা অমা, তরা, চা, লীশিং, লাক্ষ,
হঞ্জিন হঞ্জিন মখুত্তুনা।
ৱানোম্বগী শেল থিল্লকপা নুপাদুনা
অমুক্তং খল্লগা
থল্লম্বা শেলশিং নীংশিংদুনা চৎখি,
লীশিং য়াম্বেদগী লাক্ষ
খুৎথেক্তুদা পীহৌদ্রদি করোর অমা।

# মী নঙোন্দনি

মী নঙবু
নমিৎ অনী পানবনি,
পাংলকউ নমিত্তু লাওনা
উম্মশীল্লু নচীন্দু
ঙাঙগদবা ৱা ঙাঙউ !
নখূত্তু চুন্না থম্মু
হৈগনু তিংথোকপদা,
নখোঙ কারন থাংলিদু
চুন্না অমুক্তা চৎলু
মী মানব্রা য়েংগে ঙসিদি !

# অওনবা চুমথোক্কে

মীবু শামক্লা শেত্তুনা চাই
থকই ঈসু
মতৌ তম্বদি মীসে ঙমদে,
মতৌ মান্দনা মীনদি
শা ওনবদি মান্দি মাল্লি!
ময়ীনা মী ওইননর্বদি
মতম চঙই,
শা ওইনা মী ওইনা খল্লসেসু
হায়নীংবা অমা লৈ।

## বাখল

সিদা হায়য়ুনে
নতূং ইল্লক্কে,
অচুম্বদু পাম্মুনে
নখোয়দা লমফৈরুনু!
করিগী ফোঙনা ঐঙোলদসু লোৎলিনো
কনা কিরিবা নঙনা, নখোয়না!
মাদি অঙাং ওইবগী
ঐনা তূমিন তাহনবনি,
মাগীসু মতম লাকখিনি।

# লাক্রোনে

জাতিগী য়ুম্বীরেলনি ঐখোয়
মাঙখিনি কলহৌসি ইজাতিসি
খুন্নাইসি লমফেন্না চৎখিনি
অমত্তা ওইহৌসি ঐখোয়।
মাঙগী অথৌবশিং
ময়েৎবাক্কী মথৱাই থাখিবনি নীংশিংউ
মীংচৎ উরোংগী মথৱাই পাম্মুখিদবনি,
তূংগী লমজিং মৈরাদি চুখৎসি
ঐখোয়না অমুক,
মমাগী মথাদা তূমখুল হুল্লিবা নৱা নখোয়সু
মীকপ থোক্রো।

# ওক্তবগী নুপী

জুবার শান্নফমদুদা
শেল মাঙবা নুপা'মনা
ঋাখল তৌরগা
মাগী নুপী থারকই।
নুপী লৈবা নুপা'মনা
নীংশিংলকখি মহাভারতকী দ্রৌপতি,
মাগী নুপীদগী
অথাবা নুপীদবু কল্লকই, য়েংনীংলকই অনৌবা য়ুম্বাল!
পান্না তকশি শোল্লকই
মাগী অমুকসু ওইনীংলকই,
অনৌবা দ্রৌপতি!
নোংমখক্তা ওইরবসু
য়ুমগী নুপীবু ইম্থোক্লগা
জগোই শামিন্নবদুনি পাল্লীবা,
মৰা ওক্ত্রবা নুপীদুদি
উপাই লৈতবগী অহায়বদা ইনবা তাই।
ঙসিদি মা খঙই
নুপীদি মতাওগীনি,
মতাওগী নুপীসু ইতাওগীনি।

# অমম্বগী জগোই

অমম্বা কাদু
অমদগী হেন্না য়েংহন্দে
মমল পীদুনা শারিবা জগোইদুসু
য়েংলিদুদগী অনীশুবা য়াদে,
ৱা ঙাঙদনা
ইনগীৎতনা মখোয় খঙনৈ।
অপীকপা কাসিগী ৱারী
অতোপ্পা তাহনবা য়াদবা ওইনা
মখোয়'নীদগী সংসারনি,
খলহল্লকই শেলদনা অপাম্বা ফঙহল্লি
নীংবসু থুংই।

# অনৌবা চহী

তমজগে নঙোন্দা
অমকপা লৈত্রবা পুক্লিংগী ৱাখল,
নচাগী পাউদম্নী
অনৌবা চহীগী য়াইফবা মঙ্গল ঙসিদি!
কনাগী মফমদসু
ওইরুসনু চহীসিনা নীংবা থুংবা, অপেনবা পুন্নমক্কী,
'সিমসু পোম্বী চেক্লাশিংদা, উচেক ৱায়াদা,
চত্তুনা পাউদমগে
হরাউনা মনীংতম্না মখোয়সু পাইজখিসনু
নুংশি ঈশৈ শক্তুনা
অনৌবা চহীগী য়াকাইরোল ঈশৈ ওইনা ঙসিদি!
হৈকোল লৈকোল নখোয়গীনা
মপুগী শিন্থা নীংথিনা ভাক্তুনা
মহৌশাগী ঋতুদা লাকপগুম ঋতুদা ওইরসনু
মালেম্বু শেল্লীবা শক উদবা মহাক্লসু
মোমোন নোক্তুনা য়েংজরসনু
অনৌবা চহীসি পেন্না পেন্না।

## হাৎকে

মী মাল্লক্লবা নঙসে
হিংহন্নীংদ্রে ঐনা,
লমশি শীরগদা নঙনা
পেনগদবা ঐনি!
হূই মকোক পানবা হূই নঙবু
মীসু নত্তা হূইসু হূই নৎলক্তা
উর উরগা,
করিনোমসু খল্লকই।
হাৎতোকখ্রসেসু হেক ময়াদা
নখোঙ নখূৎ নমিৎ ননা অমত্তা খাক্তবা মখৈ
ককথৎলগা তিঙ্গোং কাঙ্গোং ওলহনসিরা?

# করিনো হায়রুগদৌরিসি

তেনখ্রবা পুন্সিসে
মতম কূইনা ঙাইরম্মু হায়বগী
ঙাইবা মথৈ ঙাইরল্লুগা
ইরাক লাকখিদ্রিবা!
নোংমখক লাকখিবা নুমিত্তা
করিনো শারুগদৌরিবা ৱারীসি,
ফোঙনা হায়বদসু তাররোই
লোন্না হায়রগেসু চৎখিবনা হাল্লি।

# কনাগা

নহালসু, ঙরাংসু, ঙাইরম্বনি ঐবু
মফমদুদা চৎমিন্ননবা খোঙচৎ অমগী,
মানা চৎখ্রবদি
ঐসে হিংলিবসিদগী হিংদবগা মান্ননি,
পুন্সিগী চৎমিন্নগদবা কনাসু লাক্লরোই
খোঙলোই ওইমিন্নগদৌবসু লৈররোই
ইথন্তা লৈহৌরনি।

## ওন্থোকপা অঙাং

কপ্লীবা অঙাংদুনা
মমা মপাদা নীংঙাইনি হায়দুনা
আইন য়েংগে তাকউ মহায়,
অঙম্বা মন্ত্রীশিংদা আইনদি লৈ হায়রুরসু কপখৎলকই।
জর্জ, উকিলশিংদা লৈ হায়রুরগসু হেনগৎলকই
ঐনা পুলিস মচা মশুশিংদগী অচৌবদা লৈবা আইননি
খূৎ থিন্দুনা তাক্লুরসু
মবুক্লিংসিদা ইপেন পেন্দ্রি,
নীংঙাই হায়ববু পিক্লীবা অঙাং মানা
হূরালবদি কদাইদা লৈহনখ্রবগে হংলকপসিদা
মমা মপা ওইবদি
খুম্ফম খঙখিদ্রে।

## ঙকই

থৱাই পানবদুগী মওং মতৌদুনি
কিরিদি ঐনা?
মখূৎনা, মখোঙনা, মচীন্না থোকপ'মা
য়েংশিল্লুরগা অশুম অশুম মীনেদি হায়রগা,
ঐগা মাগা মপালথোংদা মান্নরিসিদগী
খেন্নবা অমতং লৈ,
'সিমদি মাসু ঐসু ইঙক ঙকনৈ।

## য়ৌখ্রবা পন্থুংফম

পরেং লেপ্পুনা
চেনগদবগী শেম শারি,
করিমত্তা খেন্নদবা মীশিংদু।
ইনগীৎ অমা পীবদা
চেনগদবা মীশিংদু ময়েং তাশিল্লকই
অদুগা, পন্থুংফমদুদগী অমদি য়ৌরে লাউশিল্লকই
লৈমিন্নরিবা মখোয়না উনা উনা
করিমত্তা তৌবা ঙমহৌদবসে,
খেন্নবা উরকখি
অমুকসু মরম অমা লৈ হায়বদি খঙনরকই।

# থা লৈবাকসিদগী মীরমদম লৈবাকসিদা

চৎলসি ইবানিদং কনা খঙহন্দনা পূকচেলসু তিন্নবা
থাদোক্লবসু য়াদবা ঐখোয়নি,
নোংমসু নঙগা কেকু লোৎপী শান্নখিবদো
থা লৈবাক্কী নীংথিরবা মফমদুদা।
নোংমনা ঐনা মীরমসিদা
নঙবু পংথিদা থিরুরগা
হেল্লোই জগোই শাবীশিংগা
নিংথৌ ভুরেল মনাক্তা লৈমিন্নখিবদো নঙদি,
খোঙজোমনুবীনা ঐ য়াওরক্লুদি কৈদৌরে হায়বদগী
নঙনা ঐবু থিরকখিবদো।

# শান্নরুসি অচিকপদা

তূমিন লৈশিলহৌনু
সংসারগী ফজবা মফমসিদা
নঙগুমনি ঐসু,
নোংমখক্তংদি অচিকপদুদা য়ৌরুদবা য়ারোইদবা
মফমদুদগী খোঙদারকখিবনি ঐখোয়।
ৱা অমতং শান্নরুরগা অমুক হল্লককদবনি
মপোক অমা ওইনা।

# এতোম ঐদি লীশিংলক্নী

নুংঙাইবগী মঙদ্রংদা
ঐনা নখোয়বু শুমদুনা পুবনি
নখোয়গী ঐ লৈবনি,
ননীং থুংহনগনি
সর্গদা নুংঙাইনা কোইহনগনি ননীং-নখা তন্না।
চাওখৎত্রিবা মখোয়শিংসু
চাওখৎলবা বীজ্ঞানগী নখূৎনা লাম্বা ফঙজরবা নখোয়মকসু
ঐঙোন্দদি ইমান মান্নে,
হোৎনবা লেপকনু
মহৈদি ফঙহল্লরোই
নখোয়গী নখূৎসে লেংমনখ্রে?
নোংমদি তূম্মীন্নরসি
মীংচৎসু ফঙহল্লরোই লৈরম্মীসু খূদম তাক্লল্লরোই
মান্নহল্লগে অহাংবগুম।

# হায়রগে ৱাসে

ফুমদুনা থল্লকপনি লোন্না
কুইরবা ৱাসে,
নঙনদি নোংমসু হংলকখিবনি
লীথোরকউ তারগেসে?
নঙনা করিগীনো মদুদবু হংলিসে
মী অমগী পুন্সি ৱারীদি
শীবা নুমিত্তা
তারক্কদবা মরৈরে।
নঙসু, ঐসু, অহান অকোন্দনি
হংলক্লবনিনা 'সিমতংদি হায়রক্কে
পুন্সিসে করিনো
'সিমতংদি খঙউ,
ইহে তাদনা চৎলব্রো
মখা তারক্ত্রিঙৈদা
নঙনসু হংলক্লগা অদুক থুনা,
পুন্সিসে কৈশু নত্তে!

# কোম্বীরৈ

শীতেংলনি হায়নদং খঙ্গেনখিবনি
লৈরাং লৈশক দুমদি,
পাম্জবগী মঙ্গলা
মংগোক সিদং খুদোল তমথোকখিবনি
লৈশক চাম্মা শক্লোন নায়বসে।
থম্মোয়গী রাফম্বু শক লোৎপা
কোম্বীরৈ লৈ
পুন্সি হায়নসু কৌগে,
লৈশক ওন্দুনা মচু অহুম নায়না শাৎলক্লগনা
নশাবীগী শরি ঙাকপনি খঙনবা শরি-লৈ
পুন্সি চেঙজেল লোইরবনি খঙহনবা কোম্বীরৈ
লৈশক ওন্দবা মানবা খূদোল লৈ।
লাংঙনখক্তগী শকতাক্লখিবা চমদবা লৈ
অমুকসু নুংশিনা থারিবা খোঙহামপাৎ লৈ,
লৈশাৎ তম্লক্লগসু
তোমথিল ওইনা ঙানবী লৈ,
নশাবীগী থরাইমক্কা মান্নবা
লৈলক্তা কোম্বীরৈ কৌবী লৈ।

# থবাই

করি খল্লিবা নঙনা
তূমিন তূমিন চপ চপ,
মরোল নায়না নথম্মোয়দুদা
থবাই নঙদি!
নথন্তা অফা অপূনন্না লৈরিদুদসু
কদাইদা চৎনীংলিনো করিবু পামলিনো,
নঙোন্দা নুংঙাইতবা মীৎয়েং
কন্নানা থল্লকলিবা?
পাঙ্গল থৌনা নঙনা পুথোকপা তাই
ঙসিদি উৎলো
থবাইদুগী মগুণদু মশক তাকওনে,
কিহল্লু, খঙহল্লু, উবা লৈতবা পোৎসিবু
মী খুদিংমক মুর্ত্তিখক্তনি
লূ-তোংদা ঈদা চেল্লক্লগা পাঙ্গলনি, থৌনানি
নঙগীদি শক্লোন কয়া নায়খ্রে
নঙগীনি ঐনা করি তৌরক্কদগে য়েংলিসে?

# নুংশিবা

চাউথোকহল্লী অশুম অশুম
নুংদ নুংশিমনবগী
চাউদ চাউজরবদি য়েংবদা পেল্লে
মী মানা,
তুংদা করি ওইরক্কদগে
খনদি খন্দনা মাদগী খল্লুববু
ওনশিন্দুনা শীংনরকপদুদদি ৱারৌরকই।
পোকমিন্নবা নত্তবা শাসে
মীনুংশি উৎলুবদুদা তৌরকইমান্নে,
করিদগী
কৈদৌবদগী
করি খল্লগনো,
দোলাই তোংহল্লগা অমাংবা উবদা চোংথখিগদৌবা
থৱাই মচাসে
পীকশনদ্রিঙৈ মেথৎহৌরগে।

## শান্নীংদ্রে কেকু লোৎপী

ইমাগী নীংথাদা নাউথি শারম্মী
অঙাং ওইরিঙৈ,
হৈনা কাংদোং ফারকপদনা
ফিবুল হাবী, অমাংবী, চেঞ্জোং-মাংজোং, উশিনবী
মথং মথং শান্নদুনা
পুন্সিগী মঙবু মঙলকখি।
মঙনা মঙলান ওইরকপদগী
কাউথোকহনখ্রগা পূন্নমক
খোঙচৎ মাগা ইরোইননা ঙসিদি
পুন্সিসি পুন্সি'মগী কেকু লোৎপী শান্নদুনা চৎলি।

## ঙাইখো খাম্মী

চৎলগে তৌববু
মীকুপ অমতা ওইরবসু
খোঙবুদুগী য়েংলগা পন্থখো খামখি,
চৎনীংবনা লোইরবনি হৈনীংদ্রবা মীরকসিদগী
য়েংলকপবুদি কুইরে ফৈরিবা, তূরিবা, চৎলিবা,
ময়ামসিগী কূম্মৌসিদি !
শোয়রিবা তোঙান তোঙানবশিং
য়েংনীংদ্রদুনা তৌবনি।

## করিগীনো খণ্ডদে

মীনা হাৎপীখিনি কিবা
হৌদোং মপীদুগী মচা,
মশামরুদি হাৎতোকই, চাথোকই!
মচিঞ্জাক হেক হেক হুনবীবা ঐনা
কমদৌবজাৎনো খল্লি তকশি শোল্লি,
নুংশি হায়দুনা পম শান্নরুবদগী
মথংগী নুমিত্তদি হঞ্জিল্লকখিদ্রে
'সিবু করিনো?
মীবু কিরিরা!

# ঐদি এতোম বোমনি

হেক লংশেকপদা ঐদি
হেক্তা পোকখাইনি,
হাৎনীংলিবদি মী নত্তনা অতৈ খক নত্তে।
মখোয়বু উৎ ওলহলবসিদনি ঐনা পাম্বা
মখূৎ লেংমনখ্রে
ঐঙোন্দসু উশিং থওইমনদ্রে
খঙবা, হৈবা, তৌবা ঙম্বা মতৌসিনা লাইগুমলে
ঐ য়েংদুনা লৈবা ঙমদ্রে,
উৎলগে ঐগীসু তৌবা ঙম্বদো।
ঐসে ওনশিন্দুনা চাব নত্তে
শীজিন্নফম খঙহন্দনা নমশিন্দুনা থম্বগী ৱারৌবনি,
তিংলি য়াংলিদুনা
চোং-ফন, পোখাইবী শান্নরগে
খরসু খঙহল্লগে ঐসু ৱারে।

## নুমিত্তি তাখ্রে

কৈদৌঙৈনো লোইশিন্নীংলবা ৱারীসে
মা হেক লাকপগা চৎমিন্নখিগদৌরিবা,
অদুবু
তরং তরং থোরকপা থাজগুম উরম্বদুনা
ঐগী ৱারী হৌরকপদা
মমি শাম্মকখ্রিবা ?
পুন্সিসি নোংমখক্তংনি অমুকসু হায়রম্লীবা।

## 'সে থাদোকউ

লোন থোক্রবা ঐবু
ইচীন করিগী মেনশিল্লকইনো,
নখোয়গী নতৌ য়েংদ্রবা ঐবু
হায়রকদৌবা মানব্রা ?
'সে থাদোকউ
ঐদি নখোয়গা নকসন্নীংদে
ৱাখলসু মান্নদে।

## হৈনবী

মী'সিনা শেলদা মহায়
পীরগনা অমুকসু
অহিং অমগী মমলদি য়ামদে হায় !
মীশিং পাথোক্লুনা
মথং মথং থিদরকই,
করি তৌদোইনো খঙদে
মাগী হৈনবী শেল খুৎতান ওইরমান্নে,
শোম্বাংননা হায়রকপা ৱাহৈ'দুমদি
ঐ খঙহৌই
ইচীন্না হায়দোকখিদ্রবসু থম্মোয়দদি খল্লি
ওক্তবগী ওক্তবীনি !

## ৱাখল

নিংথৌ ঐনা ওইরবদি
হাৎকনি মী লীশিং লীশিং,
ইথন্তগী অনীংবা অপাম্বদা তৌগনি
নিংথৌ ওইনবগী লৈবাক শেম্মী।
লৈবাকসিদা লৈবা অমত্তা মনীং মখা তমহনবা য়ারোই
মনীং তমহল্লুরবদি
নিংথৌগী শাসন পাল্লকলোই,
অঙম্বগী লোনচৎ খঙলক্লবদি
নিংথৌ ওইনীংবনা খুৎপু শেল্লক্কনি
লৈবাকসে পীকই
ইথন্তগী ওইগদবনি।

## অঙাং

হঙ্গা হঙ্গা কপ্লীবা অঙাংদুনা
মমাগী খোল্লাং থক্লা থক্লা,
নুমিৎ থা য়েংলগা
নীংঙাই ওইনা খূদোম্বী থিল্লগা হায়রকই
থা কারগে
মনাক্তা অমুক্তা য়ৌরুগে,
মমানদি মচাদু মনঙ্গলদা থোনগৎলগা
তকশি শোল্লি চাউরোবা থাবুংতোন ইচা মোরানবী!

## হাদ চেক্লা নঙবুনে

ইমিৎনা য়েংজবা চেক্লাসে
নাইতোম খক তাদেদো
খল্লুইদো নুংশিবনা থৱাইমক্তগী,
নঙনা ঐবুদি নুংশিদ্রা
ঙমদেনে ঐনা হায়বদি !
ৱাহে অমত্তা হায়রকউ
নঙনা করি খল্লেদো,
ঐবু উরগা য়েংদ ময়েংবা
মদুদনি ঐনা ৱাজবা।
নঙগা ঐগদি থানবা য়াদেনে
কাইদোংফম হোংখিবদা
ঐদি করি ওইহৌনি,
পূক্নিংনা নঙবু য়েকচবা
চুম্নতগী মশক নত্তে
করি হায়না মহায়নি

পূক্লিংগী অৱাবদি
কনানা শৈথাব ঙমগনি।
হাদ চেক্লা ঐসে নঙগী নরূপলোইনি
ঐনা খঞ্জরিবা পূন্নমকসে নঙগীদমক্লী
নঙনা খঙদ্রদনা লমলানবা ওইনা উবনি,
ওইরন্নবা নঙমকপু ঐদি
হায়নীংবনা লোইবা লৈরোই
ঐনা খনবা ৱাদি
নঙনা মখঙদে।

নঙগী খোঞ্জেলদি তাদ্রসু খঙই
নঙগীদমক ঐনা ৱাজবদি
নামিবনা নহুম পোনবু
হুমদোক্তুনা পূখ্রদি কাইদোংফম লৈররোই
চেক্লা নঙগী খল্লুবদা
ঙহাক্তা লৈতাফম খঙদে।
থৱাইগা পাংকক ওইনা
ৱাদ ৱাজৈদো ঐহাক্লা,
নঙগী কাইদোংফম ওইনবা
উপাল'সিমদি থমদুনা য়েন্নীং হুলহনবনি
নঙনা কাইদোংলদ্রদি ময়োলসু কংখিনি
হল্লকপা কাউখিনু
ঐগী মীৎয়েংফমসু ওইবা নঙবু
নোংমতা উদ্রদি ঐগী পুন্সি লোইরগুমনি।
মফম কৈদ কাইদোংগে খন্নু
উমং ৱামংদা নঙনা শান্নজনীংবদুদি
মী কৌবশিংনা কোকথোক্তুনা মাংহন তাকহন্নখ্রে,
খল্লুরনু মপোক 'সিমদি!

নঙদি মালেম্বু শেম্বা মহাক্না
থারকপা ঐখক্তগী কোকিন্নী,
শক লোত্তুনা ইমাঙদা চেক্লা ওইরবনি
শকসু লোৎলনুনে নঙবু খঙলগেনে।
শক তাক্লদুনা মপোকসিমদি
মপোক লাংওনসিগী তাকথোক্লরসি,
মথং মপোক্তা ঐখোয়'নী
অমুক মফমসিদা হল্লক্কদৌবসু মরৈত্রে
হন্দক মপোকসিদা থেংনবসিনা অরোইবনি।

# অঙাংবু শুমদৌনা থেন্মী

কপ্লীবা অঙাংদুদা মখোয়না থেন্মী
মীহাৎপা, চুরাম্থাব, লাক্লে লাক্লে
তোক্লো তোক্লো তোক্লো।
অঙাংদি মখা তানা অদুম কপ্লী
মদুদা অমুক
ঈ থকপা, অঙাং ফাব লাক্লে লাক্লে
মাদি করিমত্তা নাচুংদে,
থেন্মী মওং মওং।
তৌব-ঙম্বা, লুৎ-পাৎ, তপ্তা খঙব্রা
নঙবু ফাব লাকএদো,
খুমদে নীংঙাই হেনগৎলকই
মমা মপানা অঙাং চাররো হিংচাবী, লাই-খুৎশাংবী কৌজরসু
অঙাংদি নীংঙাই হেনগৎলকই।

# কৎচবা

উররোইকো অদুঙৈ মতম'দুগী
থৌদোক অসিমা
নীংশিংদুত্তা থম্মোয়দা ময়েক লানা
ইরগদা লৈরগনি।
চৎখিবা থবাইশিং অদুসু
ইমাঙদা চোংথোরক্লরোই অথৌবশিংনি হায়বা,
কনানোনে ঐখোয়না নীংশিংলুরিবসিবু
ওইরম্লদ্রনে নখোয় !
ঐনা তারিবা, উরিবা
মীৎয়েং ৱাংমগী নুমিৎ অদুদং,
তরং তরং থোরক্কুনা আগষ্ট তরাহুমদোই।
থম্মোয়গী পাউদম 'সিমসু
হায়খিগে নীংলিবা অথৌবা নখোয়দা
করি মপাউ তমদুনা
ওইরগদগে ঙসিসু নুমিত্তুমা,

পাউদমনীংবদি কয়ানি
ফোঙদোকপা ঙমদনা ফুম্লক্লীবা
নখোয়গী নুমিত্তা লীগে নীংদুনা।
কৎচবা ঙমদ্রবা থম্মোয়গী পীরাং সিমসু
শিষ্টজগে নখোয়গী কুমওন খুদিংদা,
নখোয়না চৎখ্রবা মতমদ-দা
ঐখোয়সু লৈবাক্কীদমক্তা শীন্নথোক্লে পুন্সিসে
লময়ানবশিংগী খোঙগুণ লীদুনা।
অকাউ পরৈ ওইরুরবসু
লৈরোন্নুংদগী কাংদুনা
ঙসি হায়বা নুমিৎসিদগী
অথৌবা নখোয়গী থাখ্রবা নথৱাইশিং
নীংশিং নীংশিংনা শৈথারক্কে, শৈশক্লক্কে
পেনবীয়ুকো নখোয়দং।
নখোয়দা খুদোল তমখ্রবনি নীংদুনা
মোমোন নোক্লা পেম্বোকচগে,
ইমা লৈবাক্কী মমা নীংজবা মচাদি নখোয়দনি
নীংতম্না ঙসিদি লাউরক্কে
ঙসিদি য়েংবীয়ুকো পেন্না পেন্না।

# নমিৎসু ননাসু শীংদা শীংউ

লেপ্পবদি শোয়দনা লম্বীসিদা উগনি
চৎখ্রিবা অদুসু লাক্লীবা অসিশু
অমত্তা চিখদনা!
ঐনা লেপ্পীবসে চুমনগী নত্তে
মখোয়বু ঙাইবনি,
চুন্না অমত্তা লাকওই
য়েংদ ময়েংউ?
মী মীগী হৈনবী লীচত্তো
মফমসিদা উৎলরিনি,
খঙদি খঙজিলহৌ
মফমসি পূন্নমক্কী খুনদিন্নফমনি।

# ভাবোক ঐবুসু

লীলা য়েংলিবা ঐবু চিংথোক্তুনা
লীলাগী মীহাৎপা শারকউ হায়রকই,
করিমত্তা খঙহনদ্রিবা ঐবু
মথং মথং শাহল্লকই
লীলা ইরিবদুনা মন্ত্রী, উকিল, পুলিস অঙম্বা শারকই,
ঙমদ ঙম্মী
হৌজিক তৌরিসিনীনে?
ভাবোক ঐদনা মীহাৎপদগী, শগুণ তৌব,
ওৎ ওত্তুনা নৈবা হেল্লকপদুদদি
ঐ ভাবোক্লী লাউথোকখি।

# খুল্লকখিগদ্রা

চৎনবী ওইনা
নোংমৈ গুলি অমনা লোইশিল্লবা,
মীদুবু কাপ্তুনা হাৎখ্রবা?
ঙাঙনৈ মরাল লৈতে
নখোয়না খঙব্রা,
শাক্কি হায়ববু শীরিসিনি।
থৌদোক্তুদা তাখিবা খোঞ্জেলদুদি
ঐ খঙখি,
অরানবা, অচুম্বা অনীগী চিংনবা থৌরি
য়েংনীংদে মতূংদা সিগুম্বা
অদুবু মীকুপ্পুদা খল্লকই অশীবনা খুল্লকলোই
তারকখিবা পিসিসু থিংবা ঙমখিদে।

## খেন্নবা পুন্সি

অমত্তা হেক মান্নদ্রি
ঙাঙথোরকপদা, মশক মওংদা, নৎপু নত্তে
য়েংউসে?
অহায়বনা নিংথৌনি
তারিদুনা রাজনীতিৱালা হেক ওই,
খুল্লকইদুনা সমাজশেম্বা কাংলুপ
নখোয় খুদিংমক্লা উরিসে!
মরল লৈবা ইনাক খুনবশিংসিনা হূৎ-ফেৎ, মীহাৎপা,
ঙসিদি হেক ওই
পুন্নমক্লা চন্নবীদ্রবা লাইরবসিদি
কন্না শু নোমজরগা নোংমগী চরা নোংলেন্নবনি।
খেন্নবশিং'সি শীবগী থাংদোকপা কূদদি খেন্নদে
হিংলিঙৈদা হিংবগী খেন্নবা পুন্সিদুনি,
ঐনা উখিবা।

# মরাইবক ফবা হূরালবা

লম্বী থিংউ মন্ত্রী লাকএ
হূরালবা মকোক অমা লিৎশল্লকইসিদি,
গাড়ীদুদা নমশিল্লগা থম্মু!
কান্নহৌসি মঙোন্দগী ঐখোয় খরা
অদুগনে
মন্ত্রীগা অমত্তা ওইনা থাদোকখ্রগা লোইরে
মফম মতমগী মতূং ইনবা হায়দুনি।

# লৈশক অমখক্তং

থিরুইনে মহৌশাগী লৈকোলনি হায়দুনা
লৈশক অমতং,
খক শাৎলমদে পোল্লমগদবোই নীংবদো
উরুদেনে অমুকসু উমং-ৱামংদা, চীংদা-মান্দা।
করম্বা মতমদা শাৎপা
লৈরাংসে নঙগী
'সিমতংদি চিংনজৈ
শক ওনবা লৈরাংনি,
লাপ্পা য়েংলগদা ফজবা
পোক্লফম নঙগদা শাগোল্লবা
নশায়গোন্দ-দা শাৎপা কোলোই নঙগী মণিপুর।
অমুক্তং হায়যুবা
নঙনা শেম্বা লৈকোলসিদা
মণিগী মণি কয়া ইরোলনুংদা লোৎপনো,
নৎত্রগা মরৈবাক নীংবা কয়া'মা
পজেং ফিরাল পায়দুনা ইমাগী খোঙগুণ লিখিবনো?
অদুগা 'সিমসু নঙতবু শৈথাদুনা হিংজবা
অশৈবশিংদু কদাইদা থৈখ্রবগে।

## লমশি শীগদবা

শান্নপোৎলো মীসিবু
নঙনা তম্নলাই মতৌগুম উৎলিরো,
করি তৌজ-শারিবা?
নশানা খঙজদ্রা তৌনি নঙদি ষণনি, হুইনি
নপা নপু চিংথরবা শা,
মীনা নঙবুদি তুকৎচনরেনে
লমশি শীগদবা!

# পৃথিবী

জীবশিংনা নেৎসনবীরবা পৃথিবীসে
ঙসিদি রারমান্নে,
মতৌ ইমান মান্দনা
পৈরি, তূরি তৌরদুনা অশাউবা উৎলকই।
ঐদি ইরোলনুংদা লুপ্লগে
ইথক্তুগী ময়ামসে থক-খা ওলহল্লগে
ঐ লৈত্রবদবু
করি ওইদোইনো খঙদি খঙহল্লগে,
নুমিৎ-থা, থবান্মিচাক, অতৈদা নৈনরগা
নোংমতা ঐবুদি নীংশিংবীবসু লৈতে।

# ঐগীদি মসি হায়গনি

লূরেন য়াওদ্রবা জীবশিংদুনা
মখোয় মকোক পীয়ু
মথং মথং মখুৎ তিংথোরকই,
কদাইদগী মকোক্তি
মশানা ককথত্তুনা লংথোকখ্রবদুবু!
পীরুবসু ঙমলোই
য়াওদ্রবদুদি তম্নলাইনি,
চন্নদ্রে হায়দুনা ককথৎলবা মকোক্তু
রাবণগুম শৌগৎলক্কদবোই নীংউই।
অঙম্বগী মনাইনি খঙন্নবা
মকোক পীথোকখিবা মখোয়না,
মী ওইনা অমুক হিংনীংলক্লমান্নে!
মকোক্তু হাপচিল্লগদি মী ওইগদৌরি
মসিমদি মখোয় খঙই,
ঐনদি তুমিন লৈয়ু মতম নত্তে হায়রক্কনু
নখোয়গী নিংথৌ মনা ফক্লাংদা থেৎলিসে
খঙখি, তাখিবা থোক্লবদি
অমুক্কসু নখোঙ নখুত্তু ককপিখ্রগনি ৱাবিরি।

## হূ অমসুং মৈ

থকচিল্লু মী নখোয়
থনুংদা চাক্লীবা মৈরীশিংদু ফুদোকউ
হূসি নখোয়গী থক্লনবা থম্বনি,
থকদবনি, থক্লনবা হূনি।
মতিং য়াওদ্রবা
হিকথরবা খোঙ, খূৎ, কোক, হকচাং খোঙগাওনহল্লু!
চুন্না লৈখিদ্রবা মী,
য়েংখ্রিবা মীৎয়েংশিং পেন্দবগী ৱাহৈনা মৈগুম চুরো
ঐখোয় মশেল হূ অমসুং মৈদা লোইশিন্নবা চোংশিল্লসি
নৎত্রবদি অওনবসু লাক্লরোই।

# করিগী

ঐ খঙই নঙগী ফজবা
হন্না হন্না য়েংগনি,
অশংবা, অঙাঙবা, অঙৌবা
নঙনা পামজনা ইল্লি শেৎলিবা।
নঙবু য়েংদুনা ঐদি পুন্সি লেল্লিবনি
হিংলিসিসু নতম্বাকসিদনি,
করিগী লৈথোক্তুনা
নঙনদি ঐবু য়েংহন্দনবা,
মওং তাহন্দবা নশক্তা উৎলি।

## মঙলিবা মঙ

চৎখি ঐ
কুইনা হিংখিসিরা খন্দুনা
ইরাং লৈতবা শান্তী লৈবা
মরুভুম্মী ওইজরবসু,
ঈথক মপৈনা কোইশিনবা লৈবাক্তুদা।

# পৃথিবী কেবীয়ু

মশক শেম্মু
নঙগী পৃথিবীসে,
মীওইবা ঐখোয়না পাল্লক্তবগী ইঙ্খোল্লীংদুনা
মাঙহন তাকহন্নীংলে!
ঙসিদি শুমহৎনীংঙাইগী
মশক মওংদু উদ্রে,
অদুনরা করিনো!

## নঙবু কল্লকউবনা

নঙদি অদুম লেংগনু
অনীশুবসু নত্তে,
ঐ নঙগী নথাদা
নাউশুম ওইনা লৈরগা
নঙগী ফজবদা শৈথারক্কে।
ঐনা শকপা ঈশৈ
নৎত্রগা
নুংশিনা ঙংলকপা খুদিংমক তারগা পেঞ্জৌ।

# করিনো তৌদোইসে

ইখুত্তগী হেক্তা
ফন ফন লোইনা চোংথোকখি,
মশীং থিঙমদ্রবা লীশিং লীশিংসে।
করিনো তৌদোইসে
অম্মুক শেন্নরিঙৈ
মথক মখা অমনা অমুক ওল্লকই,
পিক্লবা খুৎসিনা
তাশিনবগী মহুত্তা
খুদোম্বী থিন্দুনা য়েংবদা মঙাই।

## লূচিংবা

খোঙগুণ লীনা লীনা মাঙলিবা লম্বীসে
চৎখিবনসু হন্না য়েংলমদবা খোঙচৎনি
পজেং ফিরাল য়ূংনীংলুবা পাথৌশিং,
মৈরাদি লৈহৌরমান্নে
মঙাল ফঙগদবা থাউমৈদুমদি চুখৎখো
মৈরাদুদগী অৱাং অৱাংবা চীংদোল কাদুনা
নরমদম লমদম্বু হন্না য়েংলকখো,
নচলখোই, নচেমলোই, নরূপ নপীজা
নতুং ইল্লকদৌগী ঙাইরি।

## মীসু শা

মীসে শা ওন্নীংদুনা
মখল মখল ওঙ্থোরকপদুদদি
মখোঙ, মখূৎ, মকোক পওন ওল্লকই
লীচত্তা খূৎচত্তা ফাও, ইহোং হোংই।
য়েংবু য়েংলুরদি
মীদগী শা অমুক,
শাদগী মীসু মান্দবা শাসু মান্দবা
মওং অমা
ইউ উবা মতৌনি।

## মিংনায়দবী

ঐদি ওথেলো নত্তে
ওথেলোনা ঙাওজবা নুপীদুসু ঐনা নীংশিংলুদে,
সিমদি খঙহন্নীংই
থম্মোয়দা ফুমদুনা থম্বগী মহুত্তা
ইফোঙ ফোঙনা নুংশিবগী,
থম্মোয়দা লাত্তুনা থমজবগী মিংনাইদবী
নমিং চাম্মা থোল্লীবী
অতৈনা শীংথাবদা হেল্লরোইদবী মোনারিশাগুম
ঐগীসু নঙসে পূর্ণিমা!
থাজদুমক্কা পাংকক ওইবা
পূর্ণিমা লীশিংলক্তুগী তোমথিল অমা।

## চোং-নুকো

ঐ খঙই নঙসে
খঙলসু হায়রোই,
ঐগী ৱা'মা তাদি তাখো
তন্নলাই, চুরাহ্ণাব,
নঙনা শাবদি মান্দি মানবনি।
নঙবু কিদবা কন্নাসু লৈতে
ঐনা নঙবু খঙবনি,
নঙনা ঐ কিবগীসু মরমদু লৈ
হায়রসিরো
চোংনুকো মন্ত্রী মিংথোন পীগে।

## চুম্রা মদুবু

নখোয় খঙদে পী-পা
শেংনা শেংনা ঐনা থল্লসু
থোকপা'মা নখোয়না,
তাইওল্লবা পাল্লীসিবু ইকায়দ্রা
চুম্রা মদুবু
শক নত্তে, ফিজেৎ নত্তে, লোনচত্তুনি!
শেবাক ফাকপা মখৈ
ইজৎ খোঙ্গোইনরে মদুদি ফজব্রা, পেঞ্জরব্রা?

# নাপল নত্তে

পল মচা মচাশিংদু
ঙস্রা য়েংউ চোংবা,
মসি পুন্সিগী চাংয়েং ওইগদৌরিবনি।
চোংহৌদ্রদি নঙনা শাগৎনীংলিবা
পুন্সি অমা মাঙখিনি।
চোংবদি নঙ শুকঙম ঙমলোই
নাপল নত্তে,
মতৌ ইমান মান্দনা
পুন্সিদা শীংনরকইবনি মসি খঙউ।

## খনদ্রি করিগীনো

হনগৎনসু য়েংউ, থিয়ু।
পুথোরকউ তৌথোক তৌথোক্তুনা
ওৎ নৈদুনা লুখা থাখিবা
মীশিংগী মকোক শোয়দনা লৈরম্লনি।
মকোক্তুনা খল্লিবা
কোকখক্কী মীৎয়েং অমদি মতৌ,
নখোয় মীরো
চাউখৎত্রিঙৈগী ফুরুপনি তাকচরিরো?
লুখাসে কনানা থাউ হায়
চৎনবীনা লূচিংবা,
ভাবনা শাগৎপা অদুদা ওইরদি
নঙগী লূরেনদি করিগী পীথোক্ত্রি
নীংগ্রিদা তাকখত্তুনা খোঙয়াইদা চনব্রা?

# মসিনা মহেল্লে

কনা লৈ উখি হায়বা
মসিনা মহেল্লে,
লাংতক্করবা মখোয়শিংদুদা উহনবসু ঙম্লরোইদবা মতৌদুনা
করি খল্লগনো?
খুৎশেমগী তাত্তা
অমদি মহৌশা কৌবীনা শেমগৎলিবা শকয়েং'সিদা!
তোপতোপ্পা খল্লক্লবা
মদুসু নত্তে ফজবদু লূপখিবগী
বাজরিবা ইরোলনুংগী মণিদু ঙাইরিঙৈদা।

## অকনবদো নঙ নত্তে

অশোনবা নঙনা
নরিল ফুদোক্লা নাপল তৌরুরি,
নথৌনা করি লৈরদনা!
ননীং নখা তম্বসু ফঙলরোইদবা মী নঙবু
লাঞ্জং শেমগত্তুনা
লূচিংবা শক্তুনা
নথৌনাগী শক্তি উৎলি,
খঙজদ্রমান্নে নঙদি অপঙবনি
নথৱাই পীরিবা অঙম্বদুনা
পেন্দ্রদুনা শাউরকপদা
নঙ উপাই শুকলৈ লৈরোই।

# হল্লকখিনবা

ঈশিং চায়বীদ্রবা লৈকোলসিগী
লৈখোঙ শংলিবা মালিনি ঐদি,
মপু মাঙখ্রবা লৈকোলসিগী
হল্লকপা ঙাইরিবা মপুদুগী মধুরিনি।
লৈশক লৈচু তোঙাল তোঙাল্লবা মখলশিংগী
শকহৌ, লৈশক খেন্নরবা মীৎয়েং মখোয়গী
মনীং-তমদ্রবা ৱাকৎশিং তান্নবা
পেন্নদবদু তম্লনবা মখোয়গী
পাউথাংলোইবু ওইরবা ঐনি!
শাৎলু, ননীং তমজদ্রবসু
শিঙ্খনি খঙনা খাঙখো,
লৈহি চুপ্পদ্রবা খোইমুশিংগী খোঙগুণ লীদুনা
হোইরকখিনি ননাক্তা লৈহি চুপ্পরনবা ঐনা,
পুন্নমক্কী অমুক্তং পেন্না য়েংজরগা
শকখিগে ঙংখিগে
প্রকৃতিগী য়েন্নীং-শৈশক,
হল্লকখিনবা মপু মাসু।

# নোংমদি লাকখিনি

শকসি ঈশৈসি ইনীং তম্না তম্না
অনৌবা পুন্সিরোলগী য়াকাইরোলনি,
চোকথরবা মীশিংবু থৌনা ওইহনখ্রবনি।
হিংনীংবগী ময়োল চোংখ্রবা
মীরোলসিগী লৈবাকচাশিংনি,
তাহনগনু অমুক অকি তূজুংবা
অমদি লান
পোকহনগনু হিংনীংদবগী মখোয় লম্বেল
চোকথরক্লবশিং অসিনা
হৌরকখিনি পূন্নমক লোইশিনমীন্নবগী মতম,
'সিমদি থৈদুনা থমখিসি।

## চুমথাং তরেৎ

লাকখি হৌন্দুনা মপৈ মপৈ
চুমথাং তরেৎকী ফিজংদু লিৎসন্দুনা,
মশা লোংলকখিবা শক্লোন'দুনা
অকিবা মওংদা জগোইগুম শাথেক্লকখি।
মওল মওলসু শারকখি,
ঐ য়েংবা অশুম কিরকখি
য়েংলুদ্রগনা মাগী অকনবা খোঞ্জেলদুনা
ৱাঙ্বা তাই ঐ!
থৈদোক্তুনা চেল্লগেসু নীং-তম্লরোইদ্রবা ঐ
কিরসু য়েংখিবা তাই
মীৎ লাউথোক্তুনা।

## তোপ-তোপ্পা মওং

মী মকোক ময়ামদু
ফলাদা থাংগত্তুনা লিলাম তৌরি,
অপঙবগী মকোক্তুনা ওয়দা
অশিংবগী মকোক্তুনা য়েত্তা
মথং মনাউ নায়না উশিনগীদমক।
শাংদোকপা ঙম্বা তেনশিনবা ঙম্বা মখূত্তুনা
ওন ওন্দুনা ললোল্লীবা মাগী করবারসি
ওন্নীংঙাই লৈরক্ত্র মতমদা,
ওনগদৌরিনি মাদি!

# থৱাইনা

থৱাইনা নুংশিনা শোল্লী
মতুং ইনগদবনি মাগী,
হকচাংসিনা লৈহৌনি
হেক হেক ফোঙনা হায়।
শীংনবা নত্তে
ঐবু কৈদৌদোইনো?
মাগা ঐগা লোইনবা য়ারোই
অমত্তা ওইরবসু ঙসি
অশীবগা অহিংবগা নোংমা লাপথোক্লনি,
পুনবা য়ারবদি
করিগী ৱারুনি
ঙসি থৱাইসিনা হায়বদা
হকচাংসিনা খুদিংমক তৌরিদবু!

## নোংমদি হায়গনি

ঐ নঙবু শুংথা থাজরোই
মীনম্বা হৈবনি খন্দুনা লৈগনি,
শাক্তি ওইননবগী
লৈ-পরেং অমা ঙকশমদা হুকপীরবসু
পি মশীং নায়দনা
শিষ্টদুনা উৎলক্লবসু
শুকখল খল্লোই নুংশিবগীনি।
থম্মোয়দুনা ঐগী থম্মোয়সিবু অমত্তা ওইহল্লক্লবা
চাংয়েং তৌদুনা উৎলক্লবদ-দা থাজগনি
মতম অদুদদি!

## ময়েংউ

মীদু শা ওনখ্রে
ফিজোল অমা হুকচিল্লুবদগী,
অকন অথৌসু মানখ্রে।
মাল্লীমখৈ ইচঙ থৌরে
মী মানবা খনগৎলগা মানা অমুক
ওৎ নৈরকই।
য়োং তাৎকুম হিগৎপা, হিদবা, চোং-ফন তৌব মতৌসে য়েংউ।
য়েংল য়েংলগা মানবা হেল্লকনি
মখৌসু পোংলক্কনি
লীচৎ হায়ববু ৱাঙাঙ খুদিংগী শক্রোন নায়রক্কনি,
নকশিল্লুরদি নঙদা
পীশক পিকশিল্লক্কনি
কনামত্তনা উবা ফঙদবা মশক্কুম।

# নিংথৌ শাব থিবা

হেক হেক মথি ফোঙলকপদো
ঙসিদি লৈরক খুল্লক্তা উখিদ্রে
লোৎখ্রমাম্নে তাশন্দুনা ময়ুম ময়ুমদা,
নিংথৌ শাব মানবা অমা
ফিজোল অঙৌবা শেৎলগা
সরক ময়াইদা খৌশাদুনা চোংলক্লে।
মথৌ শংলিবা অঙম্বা মানবদুনা
ঙম্বখক্তগী মালহল্লগা নিংথৌ শারি,
অখনবা মখোয়না পরাংদা রাংহল্লি
মী অমত্তনদি মনাদা হাপ্তে।

# নীবা

হায়য়ু অপাম্বা অমা
পীগনি ঐনা নঙগীবুদি,
থম্মোয়না নীবদি থম্মোয় অমা নৎত্রা?
অনি অনিবা মশক্তুগী
মশক মওংদু হোংদোকলোই,
মান্ন মান্নবা থিরকপনি
মদুদবু খঙউ।
লৈনা লৈগী মীনা মীগী
য়েৎশিন্নবদি মীনা লাইনা য়াদে,
নীবগী চন্নফমদি খঙউ।

## ঐনা অমখক্তি থাজে

লেংদবনি হায়বা নুং অমদি থম্মোয়
পেখবা নায়
অহোংবা লৈ,
অকনবা মশক্নী হায়রোই ঐ!
নুংসু তুম্মী থম্মোয়সু পীক্লকই
মীৎয়েং মান্নদবা ফিজংগী মরুমদা
মশক অমা তাক্তুনা উৎলি,
অদুবু ঐনা অমখক্তি থাজে
থম্মোয়দা থম্মোয়সি চাংদম্নদুনা কনবা অমসুং খাঙবা
অসিনা লেংগনদে,
অমুকসু পূক্লিং হোংহন্দনা ফাজিন্দুনা থম্বদুনি থাজবা।

# ঐ খঙই

ঐ খঙই নঙগী ৱারী
নঙনা কৈদৌঙৈদা লোইশিনবা লৈরোই,
লোইগদবসু খঙই
মীরোল লীশিং লীশিং চৎখ্রবা তূংদা
নৎত্রগা মীওইবনা অমত্তা লৈরক্ত্রবা মতমদা
লোইগে নীংবা ৱারী নৎত্রা?
শাগৎলিবা মচাক, মপূঙ ফাহল্লীবা মুর্ত্তিশিং
থৱাই পানবদগী পান্দবা পুম্নমকপু
করি তৌনগে নীংদনা,
মখোয়না নঙবু ইখঙদি খঙবীদনা!

## করিগী খঙদে

চৎলুনে খোঙকাপ মশীং থিদুনা
শুকথিং থিংলোই,
ঙল্লী-মখৈ চৎলিদো নঙগী ওইজদোইনি
নঙনা খঞ্জরিদো ঐখোয়সু য়াগনি,
অদুগা 'সিমদি
পম্বুংফমদু য়ৌদ্রিফাওবদি হায়রকখিরোই।
চোকথরে হায়বা কান্দুদা
নথস্তনা লেকথদুনা তূখিবা মফমদুমদি
নঙগী ওইনা পীগনি, লেপরকী শোয়দনা,
চেন্দুনা কল্লুরিবা পুন্নমক্তুদি নঙগী শাক্তি লৈতে
মসিখক্তা খঙউ,
অশীবা মীনা খুদুপ তরুকখক নত্তনা কনবা লৈতে।

## শক অমসুং মীংশেল

য়েংউ অকিবা পোক্লিরিঙৈ
কল্লকপা, শুমহৎপনা কয়াৎ খুদিং মীতারিঙৈ
হিকথদ্রিঙৈ য়েংনীংনি,
কুরাংপান্না মনুংগী শরূ শকওং তারক্লিরিঙৈ,
নোংমদি ওনশিল্লকখিনি
শরূ মী!
নথৌনা ফনা মীমাঙদা লেন্নরিঙৈ
মতমদু নাহোকখিনি খঙউ।
য়েংথিনহনবা, কল্লরুহনবা
শকহেনবা শকহেনবী অমুক্তং ফজবগী শক চল্লিরিঙৈ
নাপলসু কাহৌ,
মীসে কুইদে নঙ খঙলবা নৎত্রা?

# লাই হাৎসিরা মী হাৎসিরা

হায়য়ু অমদি
ঐ য়াগে খনসু খল্লু,
ঐগী লীংজেল উৎলক্কদৌরিসে
পোকঙৈদগী উৎলক্ত্রিবা থৌনাদুনি
ঙমলোইদবসু মাল্লম্বা য়াই, শাউরকলোরা ?
ঐবু খঙবদি ফৈ
অশাউবনা শক্লোন কয়া ওল্লক্লে
তৃমিন্না লৈবা য়াররোইদবা ঐঙোন্দা
শীংনহন্নু, হৌরক্কনু, মীৎয়েংদুনা মীথিন-চৈ ওইরক্কনু।
থোক থাক কয়ামদি কুইরে
লৈবাকসু, মীসু, তৃমহল্লবা নৎত্রো,
ঐদি য়েংবা ৱারেনে।
ৱা'মদি হায়গে
নখোয়না তৌরিদু লাইনা ইনশিনব্রা নৎত্রগা মীনা ইনশিনব্রা
ময়েক শেংনা হায়দ্রদি তৌরকদৌরবনি।

# লেম্না মাঙলোই

উখ্রে ঐনা
মীনুংশি লৈতনা মীরেলশঙদুদা
মীশিং'দুবু অথৌবা থাঙনা থিন থিন্দুনা য়েংলিবা, ওৎখাইরিবা!
মথৌ শক্লা পাংথোক্লীবা মাগা
অশীবা মীশিংগদি ইখেন খেন্নদে,
শীদ্রিবা মানা মখূৎ লেংবনি, ৱা ঙাঙবনি
লেংদ্রবা মখোয়দুনা খুম্লক্তবনি,
অশীবা মঙোন্দা পীগদৌরিবা মরালসে য়াজনবগী শীরিবনি।
করিমত্তা মখূৎ হল্লক্করোইদবা জীবসিদা
হঞ্জিন হঞ্জিন লেল্লীবা, ফাক্তুনা য়েংলিবা মতৌসে,
মানা ঙসিদি ঙমলে
হয়েংদি মা শীনি
লাই ফত্তবশিংদুনা মঙোন্দা থিনবা মীথিন চৈদি
শীরবসু মথৱাইদু ওন থোইনি,
মঙোন্দনা হেন্না ওৎকনি।

## শক্লোন নায়বনি

নঙগী ঈশৈনা
পি শিন্থহনবা ঙমলোই ঐবু,
নঙগী কল্লবা নপাঙ্গল নথৌনাদুনা
ঙকহনবা, কিহনবা ঙমলোই।
অকনবা নুংগী মুর্ত্তিনি ঐসে
ইনবদা তূগদবা লৈতে,
মীরোল কয়াবু য়েংদুনা লৈখিগদবনি, লৈরক্লীবনি।
ঐসে শক্লোন নায়বনি
অরোনবা অফোঙবা অনীগী
অৱাবা নুংঙাইবা খঙলক্লবনি,
মতমগী ঈচেলনা ঐবু খূৎ থেক্লুনা পুরিবনি।

## ঙমজবা

নীংথিবা মশক অমা পুথোক্তুনা
নঙবু য়েক্কনি
খোঙ্গোইনবা য়াওদনা,
নঙনা ঐবু পামজৈ হায়বগী
উৎননবসু হোৎননি
ঐমক্না ঙসিদি।
তুংগী মীরোলদা নোংমা শোয়দনা
নঙ কনানো য়েংলকপদা
ঐবু নীংশিংনবা, কাউদনবা 'সিদংদি
ইখুৎকী, থম্মোয়গী, চীনগী তশেং তশেংবা
থনমগনি।

# করিগী ’সিদদি মীতাদ্রি

ইজৎ লৌফমনি
ইজৎ কনফমনি
’সিমদি শীনরিবা লানফমনি,
ইচীন মেনশিনখিবগী কাংলক্তিবা ইচীনসে
ৱাখলনা য়েক্ল য়েক্লগা মীৎয়েং থল্লক্লীবা মুর্ত্তি
হঞ্জিন হঞ্জিন নখোয়না য়েংউ
কৈসু নত্তে কৈসু লৈতবনি,
করিগী ’সিদদি মীতাদ্রি!
খুদুম চনশিন্নীংদ্রি,
শা নখোয়না মী ওইরক্লদি
চৎলক্কনিদো মী ওইনা!
ঐদি খঙই
নখোয়না মীতাদ্রিসু ঐ উই।

# সমাজসিগী ৱাকৎ লীশিং লীশিংনি

নীং তম্লীংই ঐখোয়
মীখা পোল্লক্তে নোংমতা,
'সিদা করিগী য়েক্লবনি খল্লী
ঐখোয়সু হায়বা ঙম্বগী হক লৈ।
চন্না হিংলিবা মীচমশিংদা
ওনশিন্দুনা, ইজৎ তেমশিন্নরকপ'সিবু
লানগী তেঙ্গোল শেমগৎহনবা নৎত্রা?

শান্তী থুগাইবনি নখোয়দি
করি তৌরকখ্রে লীশাং শীৎলকপসিদা,
শেমগৎলকখ্রে অঙকপা মথোল মথোলগী নখোয়না,
অমত্তা নত্তে।

নখোয়না উহল্লকই তাহৈদ্রবা থৌদোক লীশিং লীশিং
অমুকসু শেৎনহনবা নৎত্রা!

মচা হাৎতোকপীবা,
মমা-মপা ওইববুসু ওৎ নৈদুনা মরাল পীরগা হাৎপা
সিদা নৎত্রা!

মরোল মরোল নায়রকখ্রবা থৌদোকশিংগী
থম্মোয় কাইবা, নীঙদোন পোম্বা, তাহল্লকখিবা পিগী
মচি মচিদা খোঞ্জেলখক্তগী
সমাজসিগী ৱাকৎ লীশিং লীশিংনি,
ৱাকৎশিংদা অমুক্তসু পাউখোঙলক্তে
পেলহল্লকখিদ্রি মীরোলসিদা,
তাহনবদনি সমাজসিগী ৱাকৎ লীশিং লীশিং!





—ঃ লোইরবা ঃ—



খুমুকা তোম্বা

পোকপা : খুঙ-জুম ১৯৫৯ ইং,
          কৈশামথোং খুমুম লৈকাক, ইম্ফাল।

মহৈ : মণিপুরী গ্রেজুয়েট

*হৌজিক ফাওবদা অইনবা কপ্প্রবা মরাশিং*

১) মণিপুর এক্টীলেন্স স্টেট এৱার্দ ১৯৯১ ইং
২) ফাষ্ট ডি. কি. কমপিটিসন এণ্ড ওপনিং স্পেশিয়েল স্টেট এৱার্দ ১৯৯৩ ইং
৩) ভারত এক্টীলেন্স নেসনেল এৱার্দ ১৯৯৯ ইং
৪) ভারত গৌরভ নেসনেল এৱার্দ ২০০০ ইং
৫) নোর্ট ইষ্টার্ন প্লে-রাইট এৱার্দ ২০০১ ইং
৬) ডাঃ অমরেন্দ্রকমর ফেল্লোশিপ এণ্ড নেসনেল এৱার্দ ২০০১ ইং
৭) দিপার্টমেন্ট ওফ কলচর, নিউ দিল্লীগী সেনিয়ার ফেল্লোশিপ ইং ২০০১-০২গী মনা
৮) সাহিত্য পত্রা, ২০০৩ ইং

*অইবগী ফোঙপ্রবা লাইরিকশিং*

১/২) মুখশি মৈচাক (উপন্যাস '৮০/৮১), ৩) হিংনলবা (ড্রামা '৮১), ৪) হিংননবদা পুন্সি (ড্রামা '৮২), ৫) সুমগী ঈশৈ (ঈশৈ '৮২), ৬) নোংমৈ নুংশিং (ঈশৈ '৮৩), ৭) নাকেন্নবা শামেল (কাব্য '৮৪), ৮) কথোকপা (ড্রামা '৮৪), ৯) মুর্তি মমি (ড্রামা '৮৫), ১০) খোঙগুলগী মমি (ড্রামা '৮৫), ১১) পোৎজুম পুবা (ৱারীমচা '৯১), ১২) শক্তম তরেৎ (খোমজিনবা ড্রামা মচাশিং '৯২), ১৩) শক্তম মাপল (খোমজিনবা ড্রামা মচাশিং '৯২), ১৪) সমাজসিংগী রাকৎ লীশিং লীশিংনি (শৈরেং '৯৪), ১৫) নোংমৈ নুংশিং (খোমজিনবা ঈশৈ '৯৫), ১৬) সনা লৈবাক (ড্রামা '৯৬), ১৭) হৈবোঙ মনুংগী তিল (ড্রামা অহুম পুনবা, ২০০০), ১৮) কিহুনবা শমুল (ড্রামা '০১), ১৯) থম্মোয়সু নুং ওক্তি (শৈরেং '০২), ২০) থরান্থিচাক লীশিংলক্তা (ঈশৈ '০৩), ২১) অচোয়বা লৈচল (বাহেং '০৪), ২২) ইম্ফাল সাহরমি খোঙ লোয়ে (উপন্যাস '০৫), ২৩) মৈখেং মক অহুম (ৱারীমচা '০৬) মণিপুরী কোমিক্স ১/২/৩ ইপু কৈ ওইবা ('৯৪/৯৫/'০৬)।